৯ শুবা লাইরিক

# মণিপুর

লেখক :—

শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ বি, এল, এক্স দরবার মেম্বর,
রিটায়ার্ড ডিষ্ট্রীক্ট এণ্ড সেসন্স জজ, মণিপুর সাহিত্য
পরিষদকি ১বা প্রেসিডেণ্ট, "বজ্রবাহন পোকপা"
"নরসিংহ" (মেট্রিক টেক্স্ট) ড্রামাশিংগী লেখক,
মণিপুর ষ্টুডেণ্টস কনফরেন্সকী ১বা প্রে-
সিডেণ্ট, মেম্বর মণিপুর ষ্টেট-ডিপুটেশন
টু ডি গবর্ণমেণ্ট ওফ ইণ্ডিয়া নিউ
দিল্লি (১৯৩২), মেম্বর ওল
ইণ্ডিয়া লেঙ্গোইজ কোন-
ভেন্সন্ (১৯৪৯)
অসিনচিংবা।

---

১বা খূৎনম্
১৯৫৬

কোওবা :—
চিত্রাঙ্গদা সাহিত্য মন্দির, ইম্ফাল। মমল।/০ তনি।

# পাব্লিসরগী ৱা।

"মণিপুর" অসি লৈবাক অসিগী মরমদা ইবগী লোইবা নত্তে হায়বা য়াই; অদুবু মথং মথং খর খরদং ওইরবসু অণ্ডবা ফোঙ্হনা, নন-মণিপুরী খরনা লাম্না খণ্ডখিবা নত্রগা খণ্ডদনা অখণ্ডবা শাবহু য়াবমখৈ খরদং ওইরবসু কোকহনবা য়াগত্রা হায়বগী মত্তা ঊৎপা ছোবতনি।

পীক্লবা লাইরিক অসিদা মণিপুরী ঐখোইগী পীক্লা চাও-খোকচবা য়াবা ৱা কয়া য়াওরি। অদুগা নৈননিংঙাই ওইবা ৱাফম কয়াসু য়াওরি।

মাসী ইংলিশনচিংবদা খরা শন্দোক্লা ফোঙনবসু হোৎন-নিংবনা অহানবদা মণিপুরগী লৈবাকমচা খিবিকী মাঙদা ঈরোল্দা লাপ্থোকচরিবনি।

ছাপাদা লানবা, ৱাৎপনচিংবা লৈরবসু হাম্না থেংনবিবনা তাকপিরকপদা কৃতজ্ঞতা উচ্চবগা লোয়ননা শেংদোকচগনি।

পাব্লিসর।

তাং ১১।৭।৫৬ ইং

——:)•:(——

# মনিপূর

—(০)—

ঐখোইনা মীরোল হেক খংলকপদা মনিপূরগী মরমদা খংবা—ঐখোইগী মনিপূর অসিদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ অমনা পাল্লর্ম্মী, মাগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাবু হস্তিনাগী পাণ্ডব অর্জ্জুননা লৌহুনা মচা নিপা বভ্রুবাহন কৌবা অমা পোকই। মহাভারতকী অশ্বমেধ যজ্ঞদা শগোল মতুং ইন্দুনা লাকপা অর্জ্জুনগা বভ্রু-বাহনগা লান থেংনবদা বভ্রুবাহন্না ঙমহুনা লান্দা তুই, শ্রীকৃষ্ণ লাকই, শ্রীকৃষ্ণনা তাকপা মতুং ইন্না বভ্রুবাহন্না পাতালদগী মনি লৌরুহুনা অর্জ্জুন হিংগৎখি। লম্ফেলদা লান অহু শোক-নৈ। থাংমৈবন্দা থাংগী পন শাই। শগোলবন্দা শগোলগী পন শাই, কুন্তীনা—চিংঙাদা ঙাই অমস্তুং পিণ্ডমদা পি শিন্থে; মনিপুরনা পৃথিবীগী ময়োননি। মনিপুরী ঐখোই অসি ক্ষেত্রিনি, লান্দা থৌবা মৈতৈ (মনিপুরী), থৌনাফবা মৈতৈ মী পুন্নমক্তগী ঐখোইনা ইহেল হেল্লি। ময়াং, তেখাও, সাহেব নচিংবা অসি শোক্লগা ইরুজে। ঐখোইনা শোকপা মাখোইনা চাই। থাং তম্মী, মুক্না তমই, শগোল কাংজে অয়াম্বনা শান্নে

অড্রগা খোং কাংজৈদি পুম্নমক্লা শাম্নে । জগোই ঈশৈ তম্মি, চোলোম তমই লাইরিকস্তু তমই, অসিনচিংবা ।

লাইরিক তম্মে, স্কুল অচৌবা কারে; মতম অহুদা কনাগুম্বা ময়াংনা হাইবা তারে, মনিপুরী হাইবা জাতি অসি অনার্য্যনি মরমদি শিংজুনচিংবা অশং অমান চাই । স্তুপী পুস্তমক--জগোই শাই, লাই হরাওবা হাইবসি মহা অসভ্যগী থুদর্মনি, স্তুপী মপান থোকই অসিনচিংবা । অমিয় নিমাইচরিত পাবদা "বর্ব্বর মনিপুরি" হাইন ইবা থেংনৈ । বিশ্বকোষ পাবদা মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর অঙ নত্তে। মহাভারতকী মনিপুর অহুদি মাদ্রাজদা মনফুর বন্দরদা লৈরম্মী হাইনা ই । লাইরিক অতৈ পাবা ওমলকলবা মতমদা মথাগী শিং অসি পারে:- কেপটেন পেম্বরতোম্না মৈতৈনা হিন্দু মচানি হাইবা অসি ককতুনা হাইরম্মী— "We may safely conclude them to be the descendant from a Tartar colony from China." কর্ণেল মেকালোক্লা মসি য়ারমদে মানা হাই "For this conclusion I can see no reason & think there is far more ground to conclude them to be descendant of the surrounding hill Tribes............The languages of the Marrings Kookies, Koupooees, are all very similar as

the Khumals etc. the offshoots of the -tribes were, before said, at different periods the dominant tribe, in the valley, it might be Expected that the language of the people, united under the name of Meithei, would have a very apparent likeness to these languages, and such is the case......... the ceremony denominated" Phamban Kaba" or ascending the throne is performed in Naga dress, both by the Raja and Ranee, and the "Yim chau" or "Great house." the original residence of the Meithei chief is, though he does not now reside in it, still kept up'; and is made in the Naga fashion" সুর্য্যা ভেলিগী করিগুম্বা মাসিক পত্রিকা অমদা মৈতৈ অসি আও নাগাগী শাখা অমনি হাইনা ইথি। "শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত" দা ইরি "মনিপুরিরা শ্রীহট্টের উপনিবেশিক জাতি। ইহারা অর্জ্জুন পুত্র বভ্রবাহনকে আদি পুরুষ বলিয়া ক্ষত্রিয়ত্বের দাবি করে ও উপবিত ধারন করে। কিন্তু পুর্ব্বে এইরূপ পরিচয় দিতনা। মনিপুর রাজ চিংতোম খোম্বায় শাসন কালে শ্রীহট্টের ব্রাহ্মন অধিকারিগন তাহাদিগকে বৈষ্ণব ধর্ম্মে দীক্ষিত করতঃ উপবিত প্রদান

করেন । বিষ্ণুপুরিয়া ও কালা চাই ভেদে ইহারা দ্বিবিধ । বিষ্ণুপুরিয়া কৃষ্ণবর্ণ এবং পার্ব্বত্য জাতীয় বলিয়া সহজেই বোধ হয় । মনিপূরীরা পূর্ব্বেয় পার্ব্বত্য জাতীয় ছিল তাহার বহুতর প্রমান আছে কিন্তু শ্রীহট্ট অঞ্চলের মনিপুরিরা বহুদিন বাঙ্গালী সংস্রবে থাকায় অনেক পরিমানে বাঙ্গালী স্বভাব প্রাপ্ত হইয়াছে।”... ...........“মনিপুরীরা বৈষ্ণব ধর্ম্মের অন্ধবিশ্বাসী । দল যাত্রা উপলক্ষে তাহারা আগ্রহ সহকারে “লাই চাবা” অর্থাৎ কুমারী দের সহায়ে নৃত্যগীত সহকারে রাস গান করে । মনিপূরী রাস নৃত্য সুন্দর বটে । ইহারা বৈষ্ণব ধর্ম্মে গাঢ় অনুরাগী হইলে ও হিন্দু সমাজে অজ্ঞাত একটী জাতিয় দেবতার পূজা প্রত্যক বংশে প্রচলিত আছে । ইনি মংস্যপ্রিয় বলিয়া এই দেবতাকে বোয়াল মৎস্যাদি উপ-হার দেওয়া হয় ; এবং তিনি বংশের প্রধান ব্যক্তির জিম্মায় বাড়ীর পশ্চাৎ ভাগে অনাদৃত ভাবে বাস করেন । মনিপূরী দের এই দেবতা তাহাদের ভুতপূর্ব্ব পার্ব্বত্য যুগের উপাস্য দেবতার ভ্যক্তা=বশেষ বিশেষ বিবেচনা করা যাইতে পারে । ........... যৌবন বিবাহ ইহারা ধর্ম্মবিরুদ্ধ মনে করেনা ; কাজেই বাল্য বিবাহের প্রচলন এবং অবরোধ প্রথা ইহাদের মধ্যে নাই ।” “কাছাড়ের ইতিবৃত্ত” কৌবা লাইরিক্তা ইরি “...... মিতাই জাতী হিন্দু ধর্ম্ম গ্রহন করিলে পর মিতাই ভূমী মনিপুর নামে পরিচিত হইতে থাকে ।”

"প্রায় ২০০ বৎসর হইল মণিপুরে হিন্দুধর্ম্ম প্রবর্ত্তিত হয়। কথিত আসে একজন সন্ন্যাসী মণিপুরীদিগকে অনার্য্য ভাবাপন্ন আর্য্য সন্তান জ্ঞানে কৃপা পরবস হইয়া হিন্দুধর্ম্মে দীক্ষিত করিয়াছিলেন …………। হিন্দুধর্ম্মের গভীর তত্ত্ব-গুলি এখনও তাহাদের মধ্যে সম্যক পরিস্ফুট হয় নাই। রাস, দোল, ঝুলোন, কীর্ত্তন এবং ধর্ম্মের অন্যান্য বাহ্যিক আভরণ নিয়াই ইহারা একান্ত ব্যস্ত।" আসামগী ইতিহাস অমদা মণিপুরী অসি অতোনবা হিন্দুগী জাৎনি হায়না ইবা পাখি। শিলিংনা ইবা ভারতবর্ষগী ইতিহাসতা মণিপুরদা জাৎ (caste) অমদগী জাং অমদা ওনবা য়াই হায়ত্নুনা ইবা পাখিমাল্লে।

ঐখোয়না মীরোল খঙলক্নুনা কয়ুমনো হায়ত্নুনা হংবদা লাইরেন ময়ুমনি হায়ত্নুনা, নরৈপাক মমিং করি কৌই হায়-ত্নুনা হংবদা মণিপুর কৌই খুম্বা ঙম্বা মতমদগী হৌত্নুনা মথক্তা হায়খিবগুমনা মৈতৈ ঐখোইদি অর্জ্জুনগী ধারানি হায়না অয়ুম্মক খংলকলে। ইমানা মণিপুরগী কিংবদন্তি ময়াম হায়বদি লম্ফে-লদা অর্জ্জুনগা বভ্রুবাহনগা লাল তৌখিবা, কুন্তিনা মচা অর্জ্জুন শিরে হায়ত্নুনা মণিপুরদা লাকপদা চীংঙাদা ঙাই হায়ত্নুনা চীংঙা কৌখি; ঙানা ২ মচা নুংশিবগী কপ্পদা শিস্থরকপা পিদগী ওইখিবা চীংনি হায়ত্নুনা পিশুমবু পিশুম কৌই হায়বা অসিনচিংবা অসি লীখিবা তারকই। মরম অসিনা ঐখোইনা

মীরোল খংলকপদগী হৌনা ঐখোইগী মণিপুরদা চিত্রাঙ্গদা লৌতুনা অর্জ্জুননা বভ্রুবাহন পোকই ; ঐখেই অসি বভ্রুবাহনগী খারানি হায়বা খওতুনা লাকই । তৌইগুম্বসুং লাইরিক পাবা হৈরকলবা কানদদি ইতোপ তোপ্পা রারী অমা তাররে । ঐখোইনা ওইতুনা লাকলিবা অসিবু মী অমনা ইরম্মে হায়তুনা ওইক্রগদৌবা লৈতে, অদুগা ওইক্রবসু হৌনদে অতুমনদি ওইরগা মীনা ইরগা অতুমদি ককক্ষম থোকই । ঐগী ইপাবু ইপা নত্তে হায়রবদি ইপানি হায়তুনা তার্কপফম থোকই । শ্রীহট্ট অমসুং কাছাড়গী ইতিবৃত্ত অনি অসি মাতৃভাষাদা ইবগা মরৈবাক্কী ইতিহাস ওইবগনা য়াম্না পানরিনি । হায়রিবা জিলা অনি অসিদা মৈতৈসু য়াম্না লৈ । ইতিবৃত্ত অনি অসি পারগা বাঙ্গালী ইচিল ইনাওশিংনা ঐখোইবু করি খনফম থোকপগে খনবিয়ু । মখোইনা ইরম্মীবশিং অসিগী মথক্কা আলোচনা তৌতুনা লালগী আ মমাংদা প্রবন্ধ অমা ইজে ; মদু হৌজিক ফাওবা ফোংত্রি । মরমদি প্রাচীগী অর্থ তপ তাবা থংদে । হৌজিক্তি ঐগী ওঝা পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন গোবেষনা শিরোমণিগী লাইরিকময়াম পাবদগী প্রাচীগী অর্থ হায়ফেৎ থংবগুম তৌরে, মরম অদুনা ঐগী আর্টিকল অদু ফোংজরি । অরাল অহুই চুমথোকপিদুনা জগৎতা উৎপা য়ানবা শেমবিয়ু ।

ঐখোয়গী মণিপুর অসি মহাভারতকি মণিপুর অদু নত্তে

হায়রবা অসি মখাগী মহাভারত আদিপর্ব্বগী শ্লোক অসিদগী মন্ত্র ওইনা হায় মরমদি মণিপুর অসি সমুদ্র মপান্দস্থু লৈত্তে অদুগা মহেন্দ্র পর্ব্বতকি মনাকস্থু নত্তে :—

"মহেন্দ্র পর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপ শোভিতম্।
সমুদ্রতীরেন শনৈ মণিপূরম্ জগামহ॥"

মহেন্দ্র পর্ব্বত য়েংলমলগা সমুদ্রগী মপান মপান্দা তাপসশিংনা লৈত্তেংলবা মণিপুরদা চৎখ্রে।

হৌজিক মহেন্দ্র পর্ব্বত অসি কদাইদনো হায়নঃ থিবা তারে। মহেন্দ্র পর্ব্বত অসি কলিঙ্গগী মনুংদদি নত্রে মপান্দা ওইকম থোকই; শ্লোক অসিদা কলিঙ্গ লাল্লগা হায়রি :—

" স কলিঙ্গামতিক্রম্য দেশানায়তনানিচ।
হর্ম্ম্যানি রমনীয়াপি প্রেক্ষমানো যযৌ প্রভূঃ॥

মাহাক্না (অর্জ্জুন্না) কলিঙ্গ দেশ ১স্নুং মহুদা লৈবা পূন্যতীর্থ পূম্নমক লাম্হোক্লক্তুনা ফজরবা ফুরা দলাল য়েংহুনা য়েংহুনা চৎলকই।

হৌজিক অর্জ্জুন অসি মমাই কদোমদা ওনফম থোকপগে? মখাগী শ্লোক অসিদগী নোংপোক ওনফম থোকই :—

" অবতীর্য্য নর শ্রেষ্ঠো ব্রহ্মনৈঃ সহ ভারতঃ।
প্রাচীং দিশমভিপ্রেপস্থুর্জগাম ভারতর্ষভঃ॥"

অদুগী তুংদা বামনশিংগা লোয়ননা হিমগিরিদগী কুম্থকতুনা উনিংবগা লোইননা নোংপোক্কী লমদম য়েংবা যাত্রা তৌরক্লে।

অতুনদি মহেন্দ্র পর্ব্বত অসি কলিঙ্গগী নোংপোক্তা সমুদ্র-গদি নক্বা লৈকম থোক্রে । মকম অসিদা ‘ব্রা অমা হংবা য়াই অর্জ্জুন্না নোংপোক চংকে হায়রগদি হিরণ্যবিন্দুদগী নোং-পোক্তি চংতনা মখারোমদা হাইথরকইবা করিগীনো ? মসিগী পাওথুমদি উক্ত পণ্ডিত রাজনা “প্রাচীদি উত্তর ক্রান্তিগী মনাক্তা লৈবনি মহাক্তি অক্ষরেক্ষা ২৪ রাইদনি । হিরণ্যবিন্দুদি অক্ষ রেক্ষা ৩৬ রাইনি ; মতুদগী হিরণ্যবিন্দুদগী কলিঙ্গ কাওবা কুমথরগা নোংপোকলোমদা হাইগংকদবনি, নত্রবদি ক্লুমিংক অহানবা থোককম প্রাচী মাইকৈবু ফংলোই” হাইনা খুম্মি

অতুগা মহেন্দ্র পর্ব্বতকা হেক থংননা মণিপুর লৈফ থোক্তে ; মরমদি মহেন্দ্র পর্ব্বত য়েংলম্লগা মণিপূর চংখ্রে হাই রি ; মণিপূর চংখ্রে হাইদে । অমনা মণিপূর অসি মহাসাগরগ উপকুল মার্গদা লৈবস্নু য়াই ; লৈতবস্নু য়াই, মরমদি মহাসাগরগ উপকুল মার্গদা অর্জ্জুন্না মণিপূর চংখি হাইবতনি মসিনা মণি পূর অসি উপকূল মার্গদা লৈ হাইবগী করিস্নু প্রমান লৈতে তোংজৈ মরিন্দা বৃন্দাবন চংলি হাইরগা, বৃন্দাবন তোংজৈ মরিন্দা লৈতে লম্বি তাকপতনি ।

অতুগা শ্রীসচিদানন্দ সরস্বতীনা হাইরম্মী মণিপুরদা অর্জ্জু চিত্রাঙ্গদা লোউনা লৈরিডৈগী মতমদা পঞ্চতীর্থ চংখি । পং তীর্থদগী হল্লকতুনা মণিপূরদা লৈরম্লগা অমুক চংখি ; অতুদ অর্জ্জুন্না দক্ষিন চংখি ।

পঞ্চতীর্থদি পুরিগী অহুন্নাইদনি হায়রিবনিনা মণিপুরদগী পঞ্চতীর্থ চৎপা ঙনা মতা চাই; তৌইগুম্বসুং পণ্ডিত শরনা হায়রিঙ্গ অসিগী মতুংইন্না মোনফুর (মোনকুর) বন্দরনা মণিপুর ওইহল্লবদি মণিপুরনা পঞ্চতীর্থগী দক্ষিণ থোকলে, অতু-নদি পঞ্চতীর্থদগী দক্ষিণ চৎপা মতমদা মতুমচা লৈরিবা ১সুং লম্বী থোকইবা মণিপুরদা করি চংদফম থোকপগে? অতুগা মণিপুরনা পঞ্চতীর্থগী মথাদা লৈরবদি মণিপুরদগী দক্ষিণ চৎফম থোকই; পঞ্চতীর্থদগী চৎফম থোকতে। মণিপুরদগী পঞ্চতীর্থ অনিরকসুবগী চৎপা অসিদি দক্ষিণ চৎপগী লম্বীদা চলগুম্বনি হায়বা য়াই। সরস্বতীগী প্রমাণ অসিদগী অর্জ্জুন্না মহেন্দ্র পর্ব্বত য়েংলম্লগা দক্ষিন চৎতে মণিপুরদগী চৎলি হায়বা অসিমসু প্রমাণ ওইরে অতুগা নোংপোকলোমদা চৎতনা মথারোমদা চৎলম্লবদি মথক্কী শ্লোক অসিদা "মণিপুরং জগামহ" হায়দনা "পঞ্চতীর্থং জগামহ" হায়রমগদবনি; মণিপুর চৎপদা লম্বীদা লৈরিবা পঞ্চতীর্থ চংগমদনা মণিপুর য়ৌরুরগা অমুক হল্লকফম থোক্কে।

হায়রিবা রাশিং অসিনা মহাভারতকী আদিপর্ব্বগী রানি। অশ্বমেধ যজ্ঞগী অর্জ্জুন্না শগোল পুত্থনা লাকপদা প্রাগজ্যোতিষ-পুর, অতুগী তুংদা সিন্ধু দেশ, অতুদগী মণিপুর চংই হায়রি। প্রাগজ্যোতিষপুরদি ভারত্তা মমিং ফাওন্ননা আসামদা লৈরে; মসিগী মনাক্তা সিন্ধু দেশ লৈফম থোকই। কনাগুম্বা পণ্ডিতনা

প্রাগজ্যোতিষপুর অসি পশ্চিম সাগরদা লৈরম্মী হায়; মসি মহায়রবা হায়রবগুনি। ইচাও চাওনা পণ্ডিত পুন্নমক্কা য়ানতুনা আসামদা লৈরিবা অসিবু ঈশিংদা লৈরম্মী হায়বা অসিগী ভৌগলিক প্রমাণ লৈতে। সিন্ধুনা প্রাগজ্যোতিষপুরগী মনাক্কা লৈতগুনা হৌজিক্কী সিন্ধু দেশ অসি ওইরবদি অর্জ্জুনগী শগোল অসি ভারতবর্ষগী নোংপোক্কী ওমখৈদগী নোংচুপকী ওমখৈ তাম্না চৎপা তারে। পাইত্তুনা চৎপদি য়াদবনিনা লম্বীদা থেংনবা দেশ খরতদি ইরমগনি, মত্তু অমত্তা ইদে প্রাগজ্যোতিষপুরদগী সিন্ধু হেক্কা চংই হায়্রি; মরম অতুনা হৌজিক্কী সিন্ধু দেশ অসি ওইকম থোক্কে। প্রাগজ্যোতিষপুরগী মনাক্কা নত্রগা হেক থংননা লৈফম থোকই। সিন্ধু অসি প্রাগজ্যোতিষপুরগী মনাক্কা লৈ হায়বা মখাদা লৌখৎলিবা কামাখ্যা তন্ত্রগী শ্লোক অসিদা ফংই :—

সপ্ত খণ্ডঞ্চ তন্মধ্যে তত্রৈব সপ্ত পর্ব্বতাঃ—

বিন্দুঃ সিন্ধুর্জ্জয়শ্চন্দ্র —কচ্ছসিদ্ধশ্চ সমুখা ঃ॥

অর্থ—মাতুগী (কামরূপকী) মনুংদা সপ্তখণ্ড অমসুং সপ্তপর্ব্বত লৈ (খণ্ডদি) বিন্দু, সিন্ধু, জয়, চন্দ্র, কচ্ছ, সিদ্ধ অমসুং সমুখ। অতুনদি সিন্ধু হায়বা অসি কামরূপকী খণ্ড অমা ওইতুনা লৈরম্মে। হৌজিক প্রাগ জ্যোতিষপুর লৈরে মনাক্কা সিন্ধু লৈরে মরম অসিনা হেক থংননা লৈরিবা মণিপুর অসিদা শগোল চংফম থোকই লম অমুক য়াম্না শাংনঃ কাপ্পমতুনা মাত্রাজ

প্রেসিডেন্সীদা লৈবা "অমম্বং পণ্ডিত খরনা কুপাদগী মণিপুর ওইহল্লিবা মোনফুর (মোনকুর) বন্দরদা শগোল পাইবা য়ারোই।

অদুগা মহাভারত্তা মণিপুর অসি কচ্ছ দেশকী মনাক্তনি হায়। মথক্তা হায়রিবা কামাখ্যা তন্ত্রগী শ্লোক অসিদা কচ্ছ অসি কামরূপকী খণ্ড অমনি হায়রি। কচ্ছ অসিবু বর্ত্তমান কাছাড়নি হায়হুনা য়ানরি। অদুনদি কচ্ছ দেশ লৈরে মতুগা থংননা মণিপুর লৈরে অদুমা দক্ষিণাত্যদা কচ্ছ দেশ অমা লৈ হায়দুনা মফম অদুদা মণিপুর থাংবা য়ারোই।

কনাগুম্বা সাহেব অমম্বং বাবুশিংনা বর্ত্তমান" মণিপুরগী মণিপুর হায়বা মিং অসি অনৌবনি; মহাক্কী মমিং "মিতাই লৈপাক" হায়না কৌরম্মী হায়; অদুগা থংনবা দেশকী ইতিহাসভম্ব মণিপুর হায়না ইরমদে মরম অদুনা মণিপুর হায়বা মিং অসি ঙরাংদা থোনবা মিংনি হায়রি। মাসী বিচার য়াৎপগী য়ানি— ঐখোয়গা লোম্নবা লৈবাক্কী ইতিহাসতা ইবা, হায়বা য়া অসি ঙবাংদগী য়ানি; ঐখোয়গা থংনবা লৈবাক্কী য়াদি লায়রত্তুনা ভারতবর্ষমক্কী ইতিহাস ফাওবা ঙরাংদা ইবা ঙাক্তনি। মণিপুরনা উন্নতিগী চরম সীমাদা থুংউত্তুনা অধপতনগী চরম সীমাদা অমুক য়োরকপা মতমদা ইবা ইতিহাসনি। হায়রিবা ঙরাংদা ইবা ইতিহাস অদুদা মখোয় মখোয়গী "দেশমক্কী ইতিহাসমকপু চুম্না ইজবা ঙমদত্তুনা সাহেবশিংনা ইবিরম্বা খর অদু হৌজিক ফাওবা চুমখোকচবা ঙমদ্রি। মরম অদুনা ঐখোয়গী

দেশকী ষা ১স্থুং মমিং চুম্না ইরম্বা হৌনদে। অমনা ঐখোয়না আসামবু তেখাও ১স্থুং ত্রিপুরাবু তখেন কৌই। মৈতৈনা তখেল ১স্থুং আসামবু তেখাও কৌই হায়দুনা দেশ অনি অসি মথংশিংদনা ত্রিপুরা অমসস্থুং আসাম ওইরম্লোইদ্রা ? মৈতৈ ঐখোয়না কাছাড়বু ময়াং লৈপাক কৌই; খ্যান কাছাড়ীগী জাৎ অসিবু মৈতৈনা ময়াং কৌই মাহুদগী লৌখিদুনা নোংচুপ-লোমদগী লাকপা জাৎ পুম্নমক আসাম ফাওবা ময়াং কৌই। মাদু হায়দুনা পঞ্জাবী বোম্বেয়ালা দিল্লিয়ালা, কানপুরী, বাঙ্গালী-নচিংববু ঐখোয়না ময়াং কৌই হায়দুনা পঞ্জাবীনচিংবা ওইবা তোকলগদ্রা ? ষ্মুম্লোম্নবনা কৌবদগী হৌদুনা ঐখোয়গী ইশানা কৌজববু চুমদে হায়বসি য়াম্না নোকনিংবা রানি। অরানবা খওলম্বা মীনা অচুম্বা খওলক্লবা কান্দা চুমথোক্কেদি হায়দ্রদুনা মাগী ওঝা অদুগী রাগী মতুংইন্না ঐখোয়গী অচুম্ববু হোংউ হায়রিবরা ?

তৌজিক মণিপুর অসি করি তৌদুনা মণিপুর কৌবগে হায়বগী মরমদা মণিপুরদা চৎনবা জনশ্রুতি অমা লৈ। পৃথি-বীগী ফাওরবা ভৌগলিক পণ্ডিত অমদগী ঐগী ইংখোলগী ভূগোল খংবা ঐনা মহেনবা হায়বসি মভাই; ফাওরবা ঐতি-হাসিক পণ্ডিত অমদগী ঐগী বংশাবলীগী ইতিহাসতা ঐং মহেনবা হৌনবনি। মরম অদুনা মৈতৈগী মরক্তা চৎনরিং জনশ্রুতি অসি চুমদবা ওইরোই।

জনশ্রুতি অদুদি অসিনি ঃ— প্রকৃতিগী লীলা নিকেটন ওইরবা মণিপুরগী নীংথিরবা মওং উবদা শিবদূর্গা অনিনা লাই-য়ামগা লোয়ননা জগোয় শামিন্নে মাদুদা হুংঙাইরদুনা অনন্তনা মকোক্তগী মণি চাই। মণি অদুগী গুণনা মণিপুর অসি ইরং লংলে; অদু উবদা মহাদেবনা দেশ অসিগী মমিং মণিপুর থোনখি। ধরনী পূরাণনসু রা অসি সমর্থন তৌরি ঃ—

"অরণ্যশোভনং দৃষ্টা বিবিধ কুসুমৈর্যুতং
শঙ্কর কল্পিত স্তস্মাদরণ্যনগরস্ততৎ
পার্ব্বতী মেখলা তত্র বিভ্রাজন্তি সমস্ততঃ
তস্মাত্তদ্দেশতঃ সংজ্ঞা মেখলী পরিকীর্ত্তিতা
তয়োঃ ক্রীড়াং সমালোক্য সর্ব্ব দেবাধিমুর্চ্ছিতাঃ
তত্রারণ্যে মহারাম্যে পুষ্পবৃষ্টি মুহুর্মুহুঃ
অনন্তবদনস্তত্রসমাগত্য তদগ্রতঃ
প্রকটয়ন ফনীস্তত্র ননর্ত্ত স যথাসুখং
মণিমালা সমাযুক্তাৎ মণি নাম্পরিভ্রাজনাৎ
মণিপুরং ততঃ খ্যাতং ততোনান্যদ্ধি ভারত ॥"

মণিপুর পুম্নবু মৈতৈ লৈপাক কৌবদি ১৮ শুবা খৃঃ দদনিং; মণিপুর অসি নিংথৌ ৭ না পাল্লম্বনি, হায়বদি লৈপাক ৭ থোক্না খায়রম্মী। লৈপাক মচাশিং অদু মথং মথং মাংখিদুনা মমৈদা মৈতৈ, খুমন, মোইরাং অহুম অসিদা লৈরম্মী। অদু-দগী খুমনদি ১২ শুবা খৃঃ গী অদুরাইদা মুংখি। অদুদগী

মোইরাংগা মৈতৈগা অসি শয়েং পাম্বোম ভানহুনা, চারৌ-খৌরৌনহুনা খৃঃ ১৭৬৫ ফাওবা পাম্লিম্লে, অহুদগী অরাগী মখাদা মোইরাংনা চহি ৫ রোম অমা মণিপুরদা মথন্তা পাল্লি। অদুদগী খৃঃ ১৭৬৯ অহুরাইদগী মণিপুর পুম্নমক্কী নিংথৌ মৈতৈ নিংথৌনা ওইখি। মৈতৈনা মণিপুর পুম্বগী নিংথৌ ওইরে হায়বা খণ্ডহনবগী মশক ওইনা মণিপুরবু মৈতৈ লৈপাক হায়না থোনখিবনি। মণিপুর অসি মৈহৌরোন্দা মেখলি নক্রগা জঙ্গলী কৌরম্মী। ইপিকত্রজদগী (মহাভারতকী মতমদগী) মণিপুর কৌরকই: অদুগা মণিপুরগী লম মচেৎ অমদি হায়বদি মৈতৈ হায়বা মী কাংলুপ অদুনা মণিপুরদা লাকতুনা পাল্লবা মফম খরদি মৈতৈ লৈপাক কৌরকই; মরম অদুনা মণিপুরগী মমুংদা লম মচেৎ অমা মৈতৈ লৈপাক কৌরক্লবসু মণিপুর পুম্নমকপু মৈতৈ লৈপাক কৌবদি ভরাংদনি হায়বদি লম অসিবু মণি-পুর কৌবনা চহি ৩০০০ হেল্লে অদুগা মৈতৈ লৈপাক কৌবদি চহি ১৮০ খরতা মহেল্লি। মরম অসিনা ঘটনাস্থলদা লাকুনা মফম পুম্নমক য়েংলগা মৈতৈ ঐখোয়না করি হায়নরিবগে হায়বা অদু মুম্না তারগদি ইদ্রহুনা, অরাপ্পা লম অমদা ফম্মগা ব্যাস কনানা দিব্যচক্ষু পীরমহুনা সঞ্জয় ওইরিবা নবীন ঐতি-হাসিকশিংনা মণিপুরগী মরমদা ঐখোয়না খওজবা ইরৈপাক্কী রারীগী অতোপ্পা রারী অমা লীবিরি। মাখোয় অদুদা ঐনা হংজনিংবদি ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু মণিপুর থোনবসিনা

অনৌবা ওইরবদি কৱিগী মণিপুর থোল্লিবনো? বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরিদা অচৌবা লম হায়রগা মথুরা, বৃন্দাবন, নবদ্বীপ থোল্লম-গদবনি, অতগা ক্ষত্রীয় অচৌবনা পাল্লম্বা হায়রগা হস্তিনা দ্বারকা, অযোধ্যা থোনগদবনি; অসি পুন্নমক ইথোন থোন্দনা মহাভারত্তা অশ্বমেধ পর্ব্বদা য়াওবা অঙাং মচা অমগী লৈবাকপু ঐখোয়গী ইপা ইপুনা নত্রগা থোনবিবা মী অহুনা অস্পৃক পাম্মুরিবনো!! ৱা অমনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলে হায়হুনা হান্নগী দেশকী মিং হোংলিবা—কৱিগীনো, হান্নগী মিং অহু অহুম্মক থম্লবদি হিন্দু ওইবা য়াদৱা? ঐনা নিংজবদি মুন্নদি খংদনা ইতিহাসকী অনৌবা মত (theory) অমা পুথোকনিংহুনা হোৎনজবা মাল্লি, নত্রবদি হিন্দু মরূপ লাক্লগা মণিপুর থোন-বিবনি হায়বগী প্রমাণ পীবা ওম্বা কনানো চোংথোকপিরকউ।

কিংবদন্তি হায়বা অসি শেম্বা য়াবা নত্তে। শ্রুতিগুম্বনি মথং মথং তাম্মরকপা, দেশ অমগী কিংবদন্তি অতোপ্পা অমনা হেক খঙদে। কালগী প্রভাবনা অম্মুম কাউনরক্লবস্মু লম অতগী, পোৎ অহুগী ইতিহাস থিরগা হেক্তা খঙলকই, কাউবা য়াবা পোৎ নত্তে; ঐখোয়গী মণিপুর অসিদা অর্জ্জুনগা বভ্রুবাহনগা লাল তৌথিবগী ৱারী অসি থাঙ্গেশেংনা লাল তৌথিত্রবদি কনানা অম্মুক চানা শেম্বীরম্মীবনো; লাইরিক ইহুনা থনম্বম্মু নত্তে, তৌইগুম্বম্মুং ঐখোয়তনদি হেক্তা খঙই মরমদি ঐঙোন্দা ইমানা লীবা ইমাদা ইবেম্মা লীরম্বা, ইবেন্দা ইবেনথোনা লী-

রম্বা অসুম তৌনা থৌথোক থোকখিবদগী মথং মথং লীন-রকপা য়ান্নীনি। কিংবদন্তিগী মরক্তা শগোলমাংদা (শগোল মাংখিবা মফম) অর্জ্জুনগী শগোল মাংখি হায়নৈ। কামরূপ, জয়ন্তিয়ারোমদগী শগোল লাক্লগা শগোল মাংবা অসি য়াম্না মতা চাই লম অসি মণিপুরনা মণিপুর কোরবা কান্দা মতা চানবা হায়দুনা থোনবা ওইরবদি ঐখোয়গী মণিপুরবু মণি-পুর থোনখিবা হিন্দু মরূপ অদুনা মরোম্না থোল্লমগদবনি।

লক্ষেন্দা লাল তৌই, থাংমৈবন্দ থাংগী পন শাই, শগোল-বন্দা শগোলগী পন শাই হায়, লক্ষেন অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা লেইশিল্লবগী সঙ্গাই মুক্ষমনি হায়দুনা লৈরম্বা অদো ঐ ইশামক উখ্রে। থাংমৈবন্দ অসি হৌজিক্কী নহাবোন্নদি লৈরিবা অসিদং উত্তুনা পন অমনি হায়বদা, থরা ঙকপসু য়াই। মসি য়াম্না য়াংলম্মী অমসুং মতোন পীকশিন্না তুমলম্মী লম্বী পাক্লমদে, পীক্লম্মী। হৌজিক তেমথখিদুনা তৌবনি; মাসিনা চহি লীশীং অহুমলোমগী মমাংদা কয়ামুক য়াংলম্মীগদগে থনবিয়ু। লক্ষেন অসিনা তেঙ্গোল শাবদ কয়াদ মফম চাথ্রবা! নোংচুপকা অরাংগা চীংনা কোঙ্গীশিল্লে, মথাগা নোংপোকনা শগোলবন্দ, থাংমৈবন্দ অনিনা পন শারে। মফম অসিদা অর্জ্জুন বভ্রুবাহন মপামচা লাল তৌখি হায়দুনা হায়নরিবসি কনানা শেম্বীবনো? মহা-ভারত্তা য়াওবস্থ নত্তে। মহাভারত্তা য়াওবা লম ওইরবদি চাননবা থোনজিনবনি মহায়সি হায়ববু মহাভারত্তা লমশিং অসিগী

উল্লেখ লৈতে । অদুগা কুন্তিনা মচা শিরে হায়দুনা মণিপুরদা লাকপদা। [illegible] পোথারম্বা চীংনি হায়দুনা চীংঙা কৌই, পোথাবা মতমদা মচাগী প্রেমনা কম্পদা শুমথরকপা পিদগী চাং ওনখি হায়দুনা পিশুম কৌখি । মণিপুরদা নুং অচৌ অচৌবা লৈ মাদুবু অর্জ্জুনগী তেন্নি হায়, মরমদি অর্জ্জুন্না শিরমদাইদা বিনাশ কালে বিপরিত বুদ্ধি ওইদুনা অমাং অতা লৈত্রবা তেম্না ফত্তবনি হায়না কাপ ফত্তবনা অফবনি হায়না কাপখি। অমাং অতা লৈত্রবা তেন অদুবু ফত্তবনি হায়না কাপলকপদা মাংবা য়াবা তেন্দি নত্তবনিনা হৌজিক ফাওবা নুং ওইদুনা লৈরি। তেকচমদা অর্জ্জুনগী তেন তেকই তেন্থাদা তেন তাই। অর্জ্জুন্না শিরবা কান্দা পাতালদগী মণি লৌরুদুনা হিংহল্লি হায়রিবা পাতাল চঙকম লম্বী অদু মৈতৈশিংনা কংলা অসিনি হায়নরি ইত্যাদি ইত্যাদি। হায়নরিবা কিংবদন্তি ময়াম অসিগী মতুংদা শোয়দনা মরুওইবা অর্থ লৈফম থোকই। মহাভারত্তা অর্জ্জুন্না কাপ্পা তেন্দোং কোম্লুংগী মনাক্তা নুং ওইনা লৈ কুন্তিনা মণিপুর চৎপদা চীং অমদা ঙাত্নুনা পোথাই অদুদা কপই হায়দুনা ইরম্মবদি ঐখোয়না পানশনবনি হায়বসু য়াই, পুম্নমক অসি মহাভারত্তা অমত্তা য়াওদে য়াওফমসু থোক্তে; মরমদি মহাভারত্তি ভারতবর্ষ পুম্নমক্কী রারীনি মণিপুরতগী ইবা নরে মণিপুরদা মতেক অমতং তোরম্বা অদুদি মৈতৈ ঐখোয়তনা খঙগদবনি মরমদি ঐখোয়দি উহৌবা য়াওহৌবা ইপা

ইপুশিং অহুনা মথং মথং লীবিরম্মী। হে! নবীন ঐতি-হাসিক! ঐখোয়গী জাৎকী অমসুং লৈবাক্ক রা ইগে হায়র-বদি লাক্কুনা ঐখোয়দা হংজরো! মহাত্মা বভ্রুবাহনগী কোক্সুং মপ মচা লাল তৌনখিবা মফম, অসি পুন্নমক অসি থিন্দুনা তাক-পিবা ওমগনি, নখোয়না শ্রুতি থাজন্নবদি খওন্রে থাজরবদি ঐ-খোয়দি ইমিৎন। উহৌবা তাহৌবগুম্বনি। মাতু ে াগে হায়বদি লৈত্রন্তুনা দাসত্ববৃত্তিদ। হৈনখিহুনা মপা মপুগী লমচৎপু অসভ্য লমচৎনি হায়বা ওমলক্লবা হিন্দু খববু শোকউরগা ঐখোযনা ইরুজরিশ্চৈদা মণিপূন অমস্তুং ঐখোয়গী মবমদা পংই ইরম্মে। রা অমনা ইনৌ নৌনা চহি অনি অহুমগী মমাংদা উক্ত পণ্ডিত রাজনা লেওদবা প্রমাণ অনিনা মহাভারতকী মণিপুব অহু ঐখোয় মণিপুর অসিনি হায়তুনা উৎলে। লাইবিক অহু ভারতবর্ষ শীনবা থুংনা অমসুং ভাবতবর্ষগী মপান্দা ইংলণ্ড ফাওবা চৎখরে। তৌইগুম্বসুং মণিপুরগী মন্নুং অমসুং মপান্দগী কনাগুম্বা অমত্তন আপত্তি লাকতে। প্রমাণশিং অহুদি অসি-নিঃ—মণিপুর অসি অক্ষরেক্ষা ২৪ গা অমসুং দ্রাঘিমা ৯৫ গা ককনফম অতুরাইদা লৈ। ঐখোয়গী মণিপুর অসিসু মফম অতুরাইনা লৈ। অতোপ্পা অমনা "অর্জ্জুন্না অশ্বমেধগী শগোলগী মতুং ইন্দুনা মণিপুরদগী হনখবে। চৎকে হায়না চৎপা নংনা লমদাং থোক্কুনা অর্জ্জুন্না জরাসন্ধগী কোক্সুং রাজগীবু ফংখি। অসুম তৌদুনা মণিপুরদগী হস্তিনা ফাওবা তুবৎ চৎলবদি

জরাসন্ধগী কোন্নুংদা তাবদি ময়েকলা তাবনি। অদুগা মণিপুরনা করিগুম্বা দক্ষিণ ভারতকী করিগুম্বা মফম অমদা লৈরম্লবদি মাতুদগী হস্তিনা তাম্বা চৎলবদি জরাসন্ধগী কোন্নুং ফংঙোই 'ময়মদি নোংপোক্তা য়ামনা লাপনা জরাসন্ধগী কোন্নুং লৈহৌরে"।

মণিপুরবু বর্ব্বর হায়না হৈরম্বা অসি হৈরম্বা নিপা অদুনা বর্ব্বর মানবা মৈতৈ খরা উরম্বা য়াই মাতুদগী হেক্তা হৈরম্বা ওঈগনি, মসি অহৈবা নিপা অদুগী অপংবগী খুদমনি। ময়াং কয়ামরুমনা মৈতান মচা অমনা ময়া শিংলগা মরৈস্থু লৈখেংনা খেংতনা ময়া থিনবা লোই: মখোয়গী স্বর অদু ফুট কয়া মরুমদগী ওস্থোকপা নমথিবা ঙাওই, মসিদগী কনাগুম্বা রাখল থেম্ব মৈতৈনা হৈরায় লায়না ময়া থিন্দবা ময়াং খরসিগী জাৎ পুম্নমকপু মহা অসভ্যনি হেক্তা হায়বা য়াই; অসিগুম্বনি।

মৈতৈ মণিপুরীবু অনার্য্যনি হায়রি। ভারত্তা আর্য্য অশেংববদি অমত্তা লৈতে ভারত্তা আর্য্যনা লাক্লগা দ্রাবিড় জাতিদা খরা তিনখি অদুগা মঙ্গোলিয়ানশিংদা খরা তিনখি। মসিগুম্বা য়ানথাইনবা ভারতকী জাতি অতৈনা আর্য্যনি হায়না দাবী তৌবা ওম্লবদি মৈতৈস্থু আর্য্যনি।

পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্তা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌই হায়রিবা অসি মৈতৈগী ইতিহাস স্বকথও খণ্ডদবগী খুদমনি।

মরমদি চড়াইরোংবা মহারাজগী হাক্তক্তা খৃঃ ১৭০৪ অহুরাইদা মণিপুরদা রাধা কৃষ্ণ লাৎপা হোরে। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লিংখৎলম্বা রাধা কৃষ্ণ মূর্ত্তি অমসুং মন্দির ফুরা হৌজিক ফাওবা লৈরি। চড়াইরোংবা মহারাজ হায়বা অসি গরীব-নিরাজগী মপানি। মফম অসিদা মসিমসু খঙগদবনি ঃ—শ্রীরাধা মদনমোহন খৃঃ ১৫৩৩ দা বৃন্দাবন্দা লাৎপা হৌই; শ্রীরাধা দামোদর খৃঃ ১৫৪২ দা বৃন্দাবন্দা লিংখৎলি; শুপ্পা হায়রবদা বৃন্দাবনগী ফাওরবা সাত দেবালয়গী যুগোল মূর্তিশিং অসি খৃঃ ১৬ শুবগী মমৈরাইদা বৃন্দাবন্দা লাৎপা হৌবা ঙাক্ক-নি। অহুনদি চহি ১৫০ রোমদংগী মতুংদা মণিপুরদা রাধা কৃষ্ণ লাংপা হৌই। তৌইগুম্বসুং বঙ্গদেশতদি গৌরচন্দ্র লাৎপ-মকসু খৃঃ ১৭৯৮ রাইদদা নিংথিনা লাৎপা ঙমখি। মসিগী অকুপ্পা মরোল মথাদা ইরক্কনি। মসিগীসু মথক্তা খৃঃ ১৪৭১ দা হায়বদি গৌরচন্দ্রনা পোক্কদবা চহি ১৪ রাৎলিঙৈদা মণি-পুরদা বিষ্ণুঠাকুর লাৎলে। মতম অহুদা ক্যাম্বা নিংথৌনা শা-রম্বা বিষ্ণু মন্দির হৌজিক ফাওবা বিষ্ণুপুর (লম্মাংদোং) দা লৈরি। মসিগীসু মমাংদা মৈতৈনা বৈদিক ধর্ম্ম চৎলকই মাহু হৌজিক ফাওবসু চৎলি।

শ্রীহট্টগী ইতিবৃত্তদদি চিংথংখোম্বা মহারাজগী মমা হাক্তক্তা শ্রীহট্টগী অধিকারীশিংনা মৈতৈবু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লাইমিং পীহুনা নোগুণ থাংবি হায়রি।

চীংথংখোম্বা মহারাজ হায়বা অসিদি গরীবনিরাজ "মহারাজ হায়রিবা অসিগী মশুনি, চড়াইরোংবা মহারাজগীনা শুথাংনি খৃঃ ১৭৬৩ দা পানবনি পূজা পদ্ধতিগী মতুংইন্না বিষ্ণু লাংলবা মতুং চহি ২৯২ লৈরগা পানবা নিংথৌনি। মাহুনদি ইরিবা অসি কয়াদা লানগ্রবনো !! অধিকারী হায়রিবা অসি মৈতৈনা মাগী ধর্ম্ম চৎপীদনা খুজাইরোক্তা হাৎখিবা শান্তিদাস মহাপুরুষ হায়বা অহু ওইরমগত্রা !

মৈতৈগী ( মণিপুরীগী ) মরক্তা বিষ্ণুপুরীয়া অমম্বং কালিসা হায়বা অনিথোক্তা খায় হায়বা অসি পুমলাল লালবনি। বিষ্ণুপুরীয়াগী মরক্তা ঙৌরোক ঙৌবা শক য়াম্না ফজবা পীকথম্না য়াওরি। অহুগা মখোয়বু পার্ব্বত্য জাতিনি হায়না নীংই হায়রিবা অসি মনিং চাদে।

বাঙ্গালীগা মতম কুইনা তিম্বনা লৈবদগী শ্রীহট্টদা লৈবা মৈতৈশিংনা বাঙ্গালী স্বভাব ফংঙে হায়রিবা অসি শত করা ৯৯ মৈতৈদি হরাওরোই। ময়াং অয়াম্বনা লুপুণ থাংলগা কষ্ঠি শিদবা অহু উবদগীরা করিনো কষ্ঠি য়াওদবা মৈতৈ নহারোল অমা অনিদি উই; মাখোয় অহুনদি পেঙ্করমগত্রা ?

মৈতৈ অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অন্ধবিশ্বাসীনি হায়রিবা অসি করম তৌনা হায়রিবনো, মরম পীরমদে। ঐখোয়না খঙবদি কনাগুম্বনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম তমগে হায়রবদি মণিপুরদা লাক্কদবনি। বঙ্গদেশতা বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচার তৌবদি মৈতৈ নিংথৌ

চীংথংখোম্বনা তৌবনি :—খৃঃ ১৫৩৩ গী আঃ মতুংদা শ্রীনিবাস আচার্য্য, নরোত্তম, শ্যামানন্দ অহুম্না বঙ্গদেশতা বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচার তৌবা হোৎনৈ; ওমদ্রে, শাক্ত অমসুং মুসলমান কিথনা চৈতন্য প্রভুবু কোংনা লাৎপা ফাওবা ওমদ্রে, চীংথংখোম্বা মহারাজনা খৃঃ ১৭৯৮ অহুরাইদদা চৈতণ্যপ্রভুবু নবদ্বীপ্তা কোংনা লাৎহন্দুনা গৌরদেশতা বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচার তৌবা ওমহুনবনি।

দলযাত্রাগী মতমদা লাই শাবীনা রাসগান তৌই হায়রি। নিপা অসি মৈতৈগী রাস মশক খঙদ্রি হায়বা তাই। মরমদি দল যাত্রাদদি রাস শাম্নদে। দলযাত্রা হায়হুনা লমদা পুর্ণিমাদা থোকইবা অসিদা পূজা (Ceremony) অমসুং উৎসব (festival) অহুম্না পুল্লি মাহুদি য়াওশং, দলযাত্রা, মহাপ্রভু জন্ম: অহুম অসিগী মঙ্গুংদা য়াওশংগীদমক য়াওশং শানবা রা হুরাল্লি. য়াওগী শং শাই; শং অহু মৈ থাদোকই; অহুগা থাবল চোংই; মহাপ্রভু জন্মগীদমক চরা হেল্লি অমসুং লাই নীংই অহুগা দলযাত্রাগীদমক পেচকারী কাপনৈ আবের তৈনৈ হোলি শকই, অকোনবগী অসি মণিপুরদদি পুর্ণিমা হুমিৎ অসি জন্মগী উপবাস তৌই হায়গুনা প্রতিবোদতা তৌই—য়াওশংগী থাবল চোংবা, জন্মগী চরা হেনবা দলযাত্রাগী আবের তৈনবা অহুম অসিবু মৈতৈনা পুম্না য়াওশং কোই। কনাগুম্বনা য়াওশংবু মহাপ্রভু জগন্নদগী ওইনা ইরি মাহু নত্তে।

হিন্দু সমাজনা খঙনদবা লাই অমা লাৎখি হায়রিবা অসি

সনামহিবু ওইবা তাই। মসি লেখক অসিনা খংদকুনা ভৌবনি; হায়রিবা লাই অসি বৈদিক দেবতানি; মসিবু কনা অমতনা থৌওইদনা ("অনাদৃতভাবে") থমদে; মৈতৈ খরদি নিতিগী মৈতৈ পুম্নমক্না মরক মরক্তা ধূপ থাওমৈ থাল্লি অদুগা মরক মরক্তা সিদ্ধা থিল্লি। লেখক অসিবু এখোয়গী লাই অসিগী মফম অসিবু উররিগদ্রা; এনা নীংজবদি উরিরোই। মরমদি কাছাড়দা মণিপুরী নওবা জাৎঅতৈনা অতৈগা মাঙ্গলদা লৈরিবৈদা ইমুংদা ঈশিং ফাওবা পুশল্লে; মাখোয়বু শুমাংদা কুমথহল্লগা পুশল্লি অদুনদি চাখুম কাগা হেক থংননা লৈবা, লৈমিম্নৈ হায়রম্ব য়াবা মফমদা লৈবা সনামহি কাবু লেখক অসিনা উরমগনি হায়না নিংদে। মানা সনামহিগী তত্ত্ব মুম্না থিজন্দনা পংই ইরম্বনি হায়বদা করি অমত্তা চিংনবা লৈতে।

মৈতৈনা মীওই শুরগা লুহোংববু ধর্ম্ম কায়বনি হায়না খন্দে অদুগা মুপী মমাই থুমদে মপান থোকই হায়না ইরি। হৌজিক্তি লেখকখোয়গী জাৎ অসিন্দু যৌবন বিবাহ তৌরে; মুপী মমাই হাংদোক্নুনা মপান থোক্লে। মাদুনদি চহি ৪০/৫০ গী মমাংদা মাখোয়না অরানবনি হায়না নিংলম্বদু হৌজিক অচুম্বনি হায়বা খওলক্কুনা চুমথোকচরে। মরম অদুনা মসিগী মরমদা য়াম্না ইরুবগী কান্নবা লৈত্রে। মসিমতংদি হায়রগগে মণিপুরদা নোংচুপকী সভ্যতা, নোংপোক্কী সভ্যতা সভ্যতা অনিনা তিন্দুনা লৈবনি। বৈদিক অমসুং হিন্দু যুগকী সভ্যতা মণি-

পুরভদা ফংগনি। হিন্দু অতৈনা মুসলমান অমশুং সাহেবকী মনাই চহি চা কয়ামরুম ওইরুবদগী মপা মপুগী আচার ব্যবহার অমশুং চাকচা-য়ুথক কাওখিহুনা পাল্লিবা জাতিগী মতৌ তমহুনা মপা মপুগী আচার ব্যবহার চাকচা-য়ুথক অদু মণিপুরদা উরগা মাহুবু অসভ্যগী লমচৎনি হায়ররে; স্বাধীনতাগী ভাব লাক্লবা অমশুং স্বাধীন ওইরবা মতমদা মণিপুরগী সভ্যতাবু লৌরক্লে; পাম্মক্লে মথং মথং লৌরক্লগনি। অবরোধ প্রথাগী গুরু মুসলমান ফাওবনা মণিপুরদা লাক্লগা অবরোধ প্রথা থাদোকপা য়াবা মফম অমা ফংলে হায়হুনা মুসলমান শুপীনা মমাই হাংদোক্লরবা মণিপুরনি।

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মগী তত্ত্বশিং খঙদে, রাস দোল কীর্ত্তণনচিংবা মপানথোংগী কুম্মৈদা লাংহুনা লৈ হায়রি লেখক অসি মৈতৈগী ধর্ম্ম চর্চ্চা মশক খঙদে। মহাক্তি শুপী অঙাংগা কুম্মৈ (festival) দগা হেন্না খঙদে। ধর্ম্মিক পুরুষশিংনা মস্কুংদা তৌরিবা পূজা (ceremony) অমশুং মাখোয়গী ভাব অদু মানা ভাব তাদে অমশুং খঙদে মাহুনা মসি হায়রবনি। রাস কৎলগা য়ুম্বুনা নিংজরিবা ভাব, দোলগী মতমদা পেচকারী কাপনরকপদা, ঝুলোনগী মতমদা দোল হাইরক্লগা লাকইব। বৈষ্ণবশিংগী প্রেম বিকার, মাদুদা মাখোয়না উশীনখ্রিবা খঞ্জিলদ্রিবা তত্ত্ব ময়াম অদু লেথক অসিনা সুকখঙ খঙদ্রে। খঙব্রবদি ইরমদবনা ফবনি।

মৈতৈগী লাই হরাওবা হাঁয়বা অসি বঙ্গদেশকী হুতুম, মহারাজ পূজা অমসুং আসামগী বেহুগুহ্বা কুম্মৈ নত্তে। মসি বৈষ্ণবকী মধুর প্রেম ধর্ম্মগী মমা মপানি। লাই হরাওবা অসি মকোক্তগী মতোন ঙাওবা নীংথিনা য়েংলগা অমসুং অখণ্ড-বদা তশ্মগা খণ্ডগনি। লাইপৌ চোংবদা অকাম অপেৎ লোল্লিবা অহু নীতিপরেং শকপদা সম্ভোগ শকইবা অত্তনি।

পেম্বর তোম্না মৈতৈ পুন্নমকপু (খাগিদগী) চিনদগী লাকপনি হায়বা অসিদি চুমদে, অদুগা মৈতৈগী মরক্তা থাগী থর য়াওই হায়রবদি চুমগনি; মৈতৈ (মণিপুরগী) মরক্তা থাগী থর য়াওই হায়বা অসিদি ইতিহাসতসু প্রমাণ লৈ। অদুগা হিন্দুসু (আর্য্যসু) য়ান্না য়াওরি। আর্য্য অনার্য্য পূল্লগা মৈতৈ জাতি শাবনি; ভারতবর্ষদা লৈরিবা জাৎ পুন্নমকসু অহু ঙাক্তনি; মাখোয়না পামজত্নুনা আর্য্যনি ২ হায়ত্নুনা চোংজবা ঙাক্তনি।

মেকলোক্না মৈতৈ অসি মাইকৈ মরিমক্তা লৈরিবা চীং-মীশিং অসিগী মচা মশু ঙাক্তনি হায়বা অসি ভাব অমদা চুমই অদুগা মানা পুরিবা ভাব অদুদদি চুমদে। মৈতৈ অরি-বা পুন্নমক মণিপুর তম্পাক্না ঈশিং ইরিত্নুনা লৈরিঙৈদা চীংদা লৈরম্বা ঙাক্তনি; মৈতৈ অশেংবা শাগৈ জাৎ কবা চাখুম সে-নাক্কী য়া থম্নরকপদা চীংদা য়ুম্ফম লৈত্রা হায়ত্নুনা হংন-রম্মী হায়বা গুরুশিংনা হায়নরম্মা তাজহৌই। মহাভারত্তা মণিপুর হায়রিবা অদুসু মণিপুর গিরিবুনি, মহাদেবমক্তা অ-

হানবা খুন্দাবন্ন কৌক্রদনি হায়রি | মরম অদুনা "অয়াং কৌক্র অসুপ্পা লোইনাই খুন্দা অহানবা" হায়রিবা অদুনি। অদুগা চীংদা লৈরিবা চীংমীশিং অসিসু মৈথৌরোন্দগী অসভ্য অনার্য্য ওাক্ত- নি হায়না মেককোলাক সাহেবনা হায়রিমাম্লে। মসি লাল্লি মাখোয় অসিগী মরক্তা সুসভ্য দ্রাবিড় মঙ্গলীয়ান অমসুং আর্য্যগী ঈ য়াওবা য়াম্না য়াওরি; মসিগী মতীক চাবা প্রমাণ য়াম্না লৈ। পোইরৈতোন খুম্ভোকপগী খুম্ভোক অনিগুবগী কাণ্ডবুঙ্গি চীংমীদা তিনখি হায়রি। মাখোয়না তিনখিবা চীং- মীশিং অদুগী মরক্তা লৈরিবা আর্য্যগী শকক্ষম তাবা অসি ভারতবর্ষগী মক্ষম অতৈদদি লৈতে হায়না নিংই। মাখোয় অসিগী মরক্তা য়াম্না সুসভ্য ওষ্টরম্বদগী দেশ কাল পাত্রগী মতুংইন্না অমসুং খুদোংচাবা রাংপদগী মথং মথং ময়েং তা- খিবা য়াম্না য়াওরমগনি। ইকুই কুইদনা চহি ১০০ রোমগী মমাংদা নোংচুপলোমদগী নিপা মচিন মনাও অনি লাকখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মাখোয় অনি অদু করি করি থবক হৈবগে হায়দুনা হংবদা অমনা ঐদি ক্বা থাবা হৈ হায়রে অমনা ঐদি লাইরিক ইবগী থবক তৌরকই হায়রে। অদুদগী নিংথৌনা ময়াম্বা ক্বা থাবা হৈ হায়বা নিপা অদুবু কাথাদা থমদুনা ক্বা থাহল্লি অদুগা লাইরিক ই হায়বা নিপা অদুবু স্না মিৎয়েং ওইহল্লি। স্না মিৎয়েং ওইহল্লি হায়বা নিপা অদুগী মচা মশুনা মৈতৈগী অচৌ অশাং ওইছুনা তম্পাক্তা লৈরম্বী

অতুগা কাথাদা লৈখিবা অতুগী বংশনা হৌজিক ফাওবা চীংমী ওইদুনা লৈরিবা অসিনি; অসিমত্তাই। মৈতৈ অসি মৈতৈ অ-রিবা (আর্য্য) নোংপোক হারম (কবো), নোংচুপ হারম (ময়াং), তখেল, চীংমী, তেখাও অসিনচিংবা পুম্নমক অসিনা শাবনি। মরম অতুনা চীংমী ভাক্তনি হায়দুনা মেকলোক্লা হায়বা অসি লাল্লি। মৈতৈ লোল অসি চীংমীগী লোল, তিবৎকী লোল, খাগিগী লোল, সংস্কৃত লোল, ময়াং লোল, বেদ ভাষা অসিনা শাবনি, মরম অতুনা কনা কনাগুম্বা হাওরোল অমম্থ মৈতৈরোন খর খর খঙবনা মৈতৈরোনসি হাওরোননি হায়, কনাগুম্বা তিবৎকী লোলগী রাহে অমা অনি খঙবনা মৈতৈ লোলসি তিবত লোলগা মান্নৈ হায়, খাগি লোল খঙবনস্থু মাদু মহায়নি। উক্ত গবেষনাশিরোমনিনদি বৈদিক ভাষাগা নক্লবদি মৈতৈ লোম্না ইহেন হেল্লি হায়রি। অমনা লোল থৈ-খিবদগী মশক খঙদবদনি, মৈতৈ লোলগী মতুংদা বৈদিক ১স্থং সংস্কৃত লোল য়াম্না য়াওরি হায়বা অসি য়াম্না চুম্মই। চহি ২০০ রোমগী মমাংদা গোবাইরোক কৌরম্বা হৌজিক খুজাই-রোক কৌরে, চরণামৃতবু চনামৃতা কৌবে, পদ্মবু থম্বাল কৌরে বংশবু রা কৌরে অসিনচিংবা। খোংজাই লালগা কবুই লোলগা স্থপমান মান্নদে; মরম অতুনা লোলগী মরমদা মেক-লোক সাহেবনা হায়রিব অসি পুমলাল লাল্লি।

কম্বাল তোংবগী ফিজেৎকী মরমদা ইরিবা অসিস্থু চুমদে,

মসি নাগাগী পোযাক নত্তে, মৈতৈ অরিবগী অরিবা পোষাকনি। হৌজিক সাহেবশিংগীগী অরবা অমস্যুং অচৌবা থৌথোক (function) তৌরবদি সেবা চঙইবা অত্থুদ ওইরবস্ম অরিবা পোষাক শেৎলি; অদুগুম্বনি।

য়ুমজাওগী মরমদা হায়রিবা অসি মহাক্না মুম্না খঙদত্থুনা তৌবনি; মসি অরিবা মৈতৈগী অরিবা য়ুমশারোনগী অরিবা য়ুমশানি। হৌজিক ফাওবা মসিগী মওংদা য়াম্না শানরি। মসি শাবদা চঙইবা উচন অঙকপনি; অথুবা চনবদা য়ৈরিবা খুরক উচন অত্থু বুলটুনা কাবদগী হেন্না চেৎলি। হৈরবা অমস্যুং চাওরবা ইঞ্জিনিয়ারশিংনা থাগৎলিবনি। হায়রিবা য়ুম অমস্যুং হায়রিবা পোষাক অসি মণিপুরদা লৈরকপদি চহি ২০০০ রোম শুরক্লে; হেঁনবস্ম য়াই। অত্থুনদি হায়রিবা পোষাক অমস্যুং য়ুম অসি নাগানা শাবা হৌরবদি মাখোয় অত্থু সুসভ্য জাতিনি হায়বা য়াগদবনি। মতম অত্থুদদি সাহেবশিংদি মফি ফাওবা নীংথিনা শেৎপা অমস্যুং য়ুম শাত্থুনা নীংথিনা লৈবা তৈত্রি।

আসামগী ইতিহাসতা মণিপুরী অসি অতোনবা হিন্দুনি হায়বা অসি অতোনবা হিন্দু হায়ববু করিনো সিদ্ধাল কাষ্ট হায়রিবরা মৈতৈদি সিদ্ধ্যল কাষ্টদি নত্তে। মাখোয়গী মন্থুংদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য শুদ্র শুনা লৈ। মরম অত্থুনা লেখক অসি হিন্দু মশক খণ্ডদে নত্তগা মৈতৈবু সুপখণ্ড খঙদে।

শিলিংগী ভারত ইতিহাস অমদা মৈতৈগী মরক্তা জাৎ (কাষ্ট) অমদগী জাৎ অমদা ওনবা য়াই হায়রিবা অসি তৌদে। উদাহরণ অমসুং প্রমাণ অমনা অমত্তা পীবা ঙম্মোই।

মণিপুর হায়বা জাতি অসি য়াম্না লিরবা সুসভ্য জাতি অমনি; মহাত্মাগান্ধীনা স্বরাজ ফংনবগী মচাক হায়দুনা পীখিবা ময়াম অহু মতম অহুদা চপ চানা লৈখিবা কাঙবুনি। মরম অদুনা মৈতৈ অসি ভারত্তা খ্বাইদগী মতিক চাবা ভারতবাসীগী কাঙলুপ অমনি। মীনাই ওইবদা খিবুং খীন্দুনা তৌবনরা বিজাতি অমসুং বিধর্ম্মী শাসন কর্ত্তাশিংগী ফিজেৎ-চাকচাদি মপুং ফানা তমজহৌদে অমসুং হৈজৌদে। হৌজিক্তি মৈতৈগী (মণিপুরগী) সভ্যতাবু ভারত পুম্নমক্না অমসুং পৃথিবীনা তম্মক্লে; হেন্না তরকখিগনি তৌইগুম্বসুং মৈতৈগী নহারোল খরদি মীনাই ওইরিঙৈদা ভারত মচা অতৈনা তম্মুবা হৌজিক্তি ফক্ত্রে হায়দুনা থাদোরক্লবা লমচৎ ময়াম অহু তমখৎলকপা উরি। মসি থাদোক্তুনা হান্নগী লমচৎ অহু চৎলবদি মমাং ঙৈগী মতৌগুম্না মমান্নবগা লাম্বা পাবা ঙমগনি, মমান্নবা ভারত মচা অতৈনা মাখোয়বু হেল্লি হায়না খল্লোই, অহুগা ভারত মচা অতৈ অহুনসু মাখোয়বু মতিক চাদে হায়রোই, হায়রক্লবসু তাহুনা লৈবা ঙম্মোই। —জয় হিন্দ।



শিলিংগী ভারত ইতিহাস অমদা মৈতৈগী মরক্তা জাৎ (কাষ্ট) অমদগী জাৎ অমদা ওনবা য়াই হায়রিবা অসি তৌদে। উদাহরণ অমস্তুং প্রমাণ অমনা অমত্তা পীবা ঙম্মোই।

মণিপুর হায়বা জাতি অসি য়াম্না লিরবা সুসভ্য জাতি অমনি; মহাত্মাগান্ধীনা স্বরাজ ফংনবগী মচাক তায়তুনা পীখিবা ময়াম অহু মতম অহুদা চপ চানা লৈখিবা কাওবুনি। মরম অহুনা মৈতৈ অসি ভারত্তা খ্রাইদগী মতিক চাবা ভারতবাসীগী কাঙলুপ অমনি। মীনাই ওইবদা খিত্তং থীন্দুনা তৌবনরা বিজাতি অমস্তুং বিধর্ম্মী শাসন কর্ত্তাশিংগী ফিজেৎ-চাকচাদি মপুং ফানা তমজহৌদে অমস্তুং হৈহৌদে। হৌজিক্তি মৈতৈগী (মণিপূরগী) সভ্যতাবু ভারত পুম্নমক্তা অমস্তুং পৃথিবীনা তস্মক্লে; হেন্না তম্নকখিগনি তৌইগুম্বস্তুং মৈতৈগী নহারোল খরদি মীনাই ওইরিঙৈদা ভারত মচা অতৈনা তম্মুবা হৌজিক্তি ফস্রে হায়তুনা থাদোরক্লবা লমচৎ ময়াম অহু তমখৎলকপা উরি। মসি থাদোক্তুনা হায়গী লমচৎ অহু চৎলবদি মমাংঙৈগী মতৌগুম্না মমায়বগা লাম্না পাবা ঙমগনি, মমায়বা ভারত মচা অতৈনা মাখোয়বু হেল্লি হায়না খল্লোই, অহুগা ভারত মচা অতৈ অহুনসু মাখোয়বু মতিক চাদে হায়রোই, হায়রক্লবসু তাহুনা লৈবা ঙম্মোই। —জয় হিন্দ।



ফংকম :—

চিত্রাঙ্গদা পুস্তকালয়, (ডুসি অফিস), ইম্ফাল অমসুং ইম্ফালগী

লাইরিক য়োনফম্শিং।

Printed at the Chitrangada Press, Imphal